অঙাংশিংগী শৈরেংশিং

# খোঙ্গুল লৌরুসি

SUBMITTED TO THE LIBRARIAN COMPILER-BIBLIOGRAPHY FOR NATIONAL BIBLIOGRAPHY ON INDIAN LITERATURE.


অইবা ঃ

খোকচোম বোবো সিংহ

( বোবোকো )

অঙাংশিংগী শৈরেংশিং

# খোঙ্গুল লৌরুসি



অইবা ঃ

থোকচোম বোবো সিংহ

( বোবোকো )

ফোংজবা :—
থোকচোম জয়কুমার সিংহ
বাশিখোং

Published with financial assistance from the Directorate of Education (S), Government of Manipur, vide sanction secretariat letter No. 7/3/95-SE (S) dated 31st March under the scheme of children's literature competition grant in Aid.



অহানবা ফোংবা : ১৯৯৯ইং

লাইরিক মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ১৫/-

Printed at :- L.C. Press,
Paona Bazar, Imphal. 795001.

## "অইবগী বারোল খরদং"

খোংজোমনুবী তরেংকুম
চুমথাং মচু ঙমজনা
শন্‌লাই তরেংনা থোগলবী
মৈতৈ পোকপী পলেমগী
নীংথি তুরেল শৈশকসি
খোঙজোম তুরেল শৈদমসি
ঈচেল কয়া ইতিনফম
লোক্তাক পাংপু শৈথাসি
মতুতবু ঙম্নবা
য়াইফ - মঙ্গল নীঙ্গরি
নপারী নমোম খিবীক্লা ।

সাহিত্যগী মচল কয়ানা তুংনফম ওইরবা ঈরৈবাক ইরমদমবু নৌনা শৈদমজরক্লিবা পাঙজদ্রিবা নপারীনা মৈতৈ ইমাগী থুয়াখাদা খুরুংজরি ।

ঈরৈবাকসিদগী থোকলকপা কলপনা কয়াসে সমুদ্রগী লাইজনা মুক ওইদুনা মালেমগী উপালনা কলম ওইদুনা ইরফাও শৈথাবগী লোইবা খল্বা নাইরম্লোইদবা লমদমমি খঙদুনা হৈত-হৈত শৈদমজদুনা সাহিত্যগী পুকৈদা খুদোল তমজবা অঙাংশিংগী শৈরেংশিংদা মপুং ওইবা "খোঙ্গ্‌ল লীরূসি" হায়না মিংথোঙ্ববা শৈরেং লাইরিক্‌ অসিবু অচিনবা মতম কয়ামা কায়থোকপীদুনা নৈনবিরীবা ইচল-ইচে ইচিন-ইনাও খ্বায়্‌খিবিকনা লাইরিক অসিগী অরানবা কয়া, অশোয়বা কয়া তাকপী-রকপা, পীবীরকপা পাউতাক কয়া হরাও-হরাও ফিগাও শানা লৌজগে । লোয়ননা মনিপুরি সাহিত্যবু হেন্না শকতাক্লবগীদমক্তা নৌনা থোঙদা-মিন্নবক্লিব অইবা-অইবীশিংবুসু থাগংপগা লোয়ননা পুক্লিং থোগংচবি ।

অইবা

থোকচোম বোবো সিংহ

(বোবোকো)

# লাইরিককী মরীদা

শ্রীথোকচোম বোবো সিংহনা ইবা অঙাংশিংগী শৈরেং "খোঙ্গুল লিরুসি" কৌবা শৈরেং কুনমঙাখক্তনা পুনশিনবা লাইরিকমচা অসি পারে। অইবনা অঙাংশিংগীদমক পান্দম থমদুনা ইবনি। অইবা মশামকস্তু কলেজগী ছাত্র ওইরিবা য়ম্না নহা ওইরিবনি। অঙাংশিংগীদমক ইবনি, শৈরেংশিং অসিস্তু য়াম্না চম্মি। লাইরিক অসিগী মিংথোল ওইরিবা অরোইবা শৈরেং 'খোঙ্গুল লীরুসি" কৌবা শৈরেংগী অহৌবদা অসুম্না ইরি:—

"মরুভুমিদা তারম্বা খোঙ্গুলদি
নোংলৈ মানা লাক্লগা
লৈঙোইশিংনা কুপশিনখি
উনগী লমদা তারম্বা খোঙ্গুনস্তু
মথক্তা উন কয়া তারক্তনা
অনৌবা উনকুপ্না ফুমজিনখি
মুৎপা তারগস্তু মমি শামিদি
লৈহৌরদৌবা লমদমসিগী খোঙ্গুল লীরুসি।"

লমদমসিগী মাঙলমচৎকী পারী-পুরীগী খোঙ্গুল লীদুনা খুনাম মাদুনা অতৈস্তু ফজবা পোৎথোক কয়া পুথোক্লবা নহা ওইরিবা শৈ-দম্লক্লিবা অইবদা ঐনা আশীর্বাদ তৌরি। সাহিত্যগী লমদা হেন্না চঙশিল্লকপা ঙম্নবা অইবগীদমক ঐনা ঈশ্বরদা প্রাথনা তৌরি।

ইম্ফাল,
তাং ২৬ | ২ | ৯৯

নীলবীর শাস্ত্রী
সাহিত্য একাদমী এর্বাদ অমস্তুং
ভারতকী রাষ্ট্রপতিগী সনমান ফংখ্রবা

# য়াৱোল খরা

ঐহাক সাহিত্যদা থোইনা খং-হৈবা অমদি ওইজদে অহুবু ঐগী কুংশিজরবা ছাত্র থোকচোম বোবো সিংহ মহাকনা হৈজবা শৈরেং লাইরিক "খোঙ্গুল লীরুসি" হায়বা অসিগী মরমদা ঐগী মোত্ অমতং ফোংদোকনবগী হায়রকপসিদা ঐহাক শৈরেং লাইরিক মচা অসি পাজরুই লাইরিক অসি পিকনা মগুন চেললি হায়বদা থোইনা লাললোইত্রা হায়না লৌনিংঙি । শৈরেং অয়ামবা পাওতাক খরদা য়ুমফম ওইতুনা ইবনি । অতুগা শৈরেং খরদা অইবগী পাক-শনবা সাহিত্য নৈনবদগী ফংলকপা ব্রাখল কয়া লৈচন চানা লেংসিনহুনা মীওইবদা কাননরবা পাওজেল ফোংদোকলি । লাইরিক অসিদা হৌজিক ওইরিবা মনিপুর সমাজগী মওং তাকনবস্নু হোংনরি । অই-বগী অরোইবা শৈরেং 'খোঙ্গুল লিরুসি' হায়বা অসি অপাবদা ব্রাখল য়ামনা থলহল্লি ।

ইম্ফাল
তাং ১১ | ৩ | ৯৯

ওং কেং সিংহ
গুক্রম চুথেক ।

# " থাগৎপা ফোংদোকচবা "

লাইব্রিক অসিমা পুথোক্লবা হোংনজবদা অচিনবা মতম কয়া কায়থোকপীদুনা হরাউ-হরাউ নৈনবীখিবা ওজা, D.M. College of Science কী Anthropology গী Head of Department পুবীরিবা ওক্রম কুমার সিংহবু থাগৎচবগা লোয়ননা পুন্সিগী শিংবা উম্নরোইদবা লম্মন অমা ওজাগী মফমদা তোকশিনজরে। পুকচেল চাউরবী মনিপুর কোলেজগী মনিপুরী ডিপার্টমেণ্টকী ওজা অমা ওইনা পুবিরীবা কারাম মোমোন দেবীনা লাইব্রিকসচা অসি হৈই ওইনা লৈম্নিরৈদা চিল্লবা মতম কয়া কাইথোকপীদুনা বনানগী অশোয়বা কয়া খন্ন-নৈনবীখিবা অমদি কোম্পিটিশন ( Compeiition ) কয়াদা শকক য়ারুনবগী লমজাংবীরকখিবগীদমক পুন্সিদা লমনশিংবা উমলবোই-দবা মতেং পীবীবগীদমক তৌবীমন থঙবা উৎচরি। মীওইবা সমাজ-গা সাহিত্যগা লৈনবীবা মরী কযাবু তৎখিগদবা খন্না ইজাতিগী ফজরবা লোলবু চাওখৎনবা অমদি অনৌবা সাহিত্যকার কয়া ইথিল পীদুনা সাহিত্যগী থোঙজিনফাও লমজিংনবগীদমক্তা পুন্সি কৎথোক্লুনা হৌজিক হৌজিকফাও Manipur Sanskrit College কী প্রেন্সি-পাল ওইনা পুবীরিবা, মনিপুরী শৈরেংগী খুমাবা লৈহিদ্রবা কবিশং মহাকবি অঙাংহল, চাউবা, ডাক্তর কমলগী মতুংগী রোমান্টিক শৈরেং শিংগী ঈহৌদা অনৌবা ইথিল কয়া পীবীরিবা শক্লাইরবা কবি পণ্ডিত শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্মা শাস্ত্রীগা উন্নজদুনা লাইব্রিক অসিমা নৈনবীনবা হায়জরুবদা হরাও-হরাও চিল্লবা মতম কয়াবু কায়থোক-পীদুনা তুংগী অনৌবা অশা কয়া মাঙওইনদুনা লমজিং লমতাকপীরক-পগীদমক্তা উমখৈ লৈতনা তৌবীমল থঙবা উৎচরি। পীম্নি ঐদা শৈরেং-শিং অসি ইবা হৌগৎলকপদা পৃকিতিগা নকবা মরী কয়াবু থমনীংবনা লাংতক্লরবা ঐহাক্কীদমক্তা অচিনবা মতম কয়া কায়থোকপীদুনা লম তু য়েংহনবীরকখিবা লোয়ননা মীওইবা সমাজ অমদি অঙাংশিংগী মোরেল

ক্যেরিক্তব, বিঃহইবিঅব, কনডক্ত অমদি নেইচর কয়াবু ইনস্পাইঅর তৌহনবীরকপা ঐবু পোকপীরিবা বাবা. শ্রীথোকচোম জয়কুমার সিংহ অমদি পীশক পীক্রিডৈদগী হৌনা ইথুং শম্বীদুন হৈনা খোংথাং তম্বী-বকখিবী পুন্সিদা ঐনা থাংলুগদবা খোঙথাং কয়াদা করিদা শোয়খি-গদগে থন্না রানা ঙসিফাও শেন্নজদুনা ঈশ্বরদা ঐহাক্কী যাইফনবগী তক্তনা থৌ নিজবিবী ঐবু পোকপী ইমা থোকচোম মেম্মা (মাঙ্গোলঙানবী) অমদি বাবা অনীবুম্ম খুকমজবগা লোয়ননা ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবা ফোংদোকচবি। লোয়ননা লাইরিক অসিমা পুথোরবা রানা হোৎ-নজবদা পৈশাগী অঙম্বা মতেং পীনবীরিবা জিঃ ইন্দ্রমোহন শর্মা এগ্রিক্লচর ওফিসর অমদি ঐগী ইনাও থোকচোম রোকী সিংহ অনিবুম্ম শীংবা ঙম্নরোইদবা লংন তোল্লেকো।

ঙসিগী লাইরিক অসিবু পুথোকপা নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌ-বীদুনা অয়ুক নুংথিল কয়াদা চাবা-থকপা থঙদনা তরাবা কয়া মায়োরবদা নক্তনা মচাক মথুম ফাঙবা ঙাইনবা লৈতনা অথুবা মতমদা ফোংবদা শকক যাবীরিবা এলঃ সিঃ প্রেসঃ পাওনা বজারগী ইচল-ইচে ইচিল ইনাওশিংবু ঐহাক্না পুন্সি চুপ্পগী কাউজবা ঙমলরোই লাইরিক অসিগী বনানগী অশোয় অঙাম কয়াদা পুক্নিং চঙনা পুথে ক-পীবগী নুংঙাইবগা লোয়ননা তৌবীমল থঙবা উচচরি।

অরোইবদা ঐহাক্না Directorate of Education (s), Government of Manipur বু লাইরিক অসি ফোংবদা অঙম্বা তেংবাং পীবীদুনা মতম কুইনা ফোংবা ঙমলুব্রবা শৈরেং মঙা-তরাসিবু মৈতৈ লৈবাক্কী লেমজনীংঙাই ওইরবা সাহিত্যগী মথল কয়ানা লৈ-তেংলিবা লৈকোলসিদা পাঙজব্রবা ঐহাক্না হৈত-হৈত লৈরাং চারমত্তং থাজনবগী তাঙ্গা পীবীবগীদমক্তা তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অইবা :

থোকচোম বোবো (বোবোকো) সিংহ

বাশিখোং।

# হীরম

## ১। নশা (drugs)

থাম্মোয় মচু শঙলিবী, কাংলীনি মথৈদি চুগনবী
খোংল পুক্কি য়ান্দা, তিলনি মাদি চিক্কনবী
নঙগী পুন্সি হিংগদা ঙাইহাকথক্কি হোলহনবা
ঈথক ইপোম হৌবগা, 'হিবাংহনগে থনবনি ।

নেশা মানা লৈবিরৈ, কাউহল্লমনি সংসারসে
পীরংগনি শান্তিসু, অকানবদি লম্বৈলদা
চুংঙাইবিরৈ মতমদা, সংসার খে ঙনেংনরমনি
ঙাবক্লবা মতমদা, নথক্কদা তারক্ল ।

যেংকনবীনি উবীদা, পুনশিনলমনি পুক্কিংবু
মশা লোঙবা ঙমহল্লোই, শান্দোক্কুনা ঙাখলবু
নেশা হায়বা তোঙানবা, অমা অমুক লৈতেদো
থাদোকপা ঙমদ্রবা মহাক্কো, মহুতনা নেশানি ।

নেশা কৌবা মহাক্কি, ভক্তনা খুৎলাম তোয়রক্কি
নঙগী ঙাখল শুমহৎনি, কল্লবা মাগী ময়ানা
সুংশিবা কৌবা মহাকসু, নেশা মখল অমনি
লাইচুপ্লবা মহাক্না, থাদোকপদা ঙাবনি ।

মীওই মপোক অসিবু তেরাপাইবী ওইহন্না
মাগী শাহুম মায়কৈদা, হুমদোকখিবা ঙম্বনি.
নঙবু ফহন্নীংবদৈ, থেংনরুবা কনানা
হায়রক্কনি নঙোন্দা, ফজবনি নেশাদি ।

নঙসু চাংয়েং পামহুনা, মীনা হায়বা থাজদা
মগুন য়েংগে থল্লবা, মঙলবনি নপুন্সি
নঙনা চাংয়েং তৌরিবৈ, মতম মানা ঙাইবীরোই
কোম্না কক্তে খঙলগা, নীংঙমলক্রোই নথক্লা ।

—:(☆):—

# ২। আশাগী নৌরেল

আশাগী নৌরেল পায়দুনা।
কুমথরক্তি হিদেন ভম্মা
লাইবক কংনা কাখংচৈ
পুন্সি হিনাও অচুবু।
অনৌবগা ওইবনে
কিনা-কিনা হোঞ্জবি
মতৌ য়েংগে মতাশুম
কিহল্লম্মী নোংলৈনা।
শাফুদুনা কনবনা
মায়কৈ শলাই মাঙলম্মী
ইয়ায় য়ৌরক্লমদাইদা
হিরাকহনগে থৌরাংই।
আশাগী নৌরেলথতুনা
ঈপাক লানবা ঙম্নরোই
থৌনা লিংজেল ফুকুনা
পাঙ্গল পুম্বা ফুদোক্লে
মতম অতুখল্লদা
রানা নোংলৈ লাঞ্জখি
খরগদি লৈরগা
নোংলৈ তুংওইনথরে।
লাম্নোকথ্রগা খল্লকখি
নৌবেল চেংনা পায়রস্নু
থৌনা লিংজেল কনদ্রবা
হিরাক্ন হিনাওসে।

(×):—

। ।ছাপ ইকুমলিকতি ।লিফকতা ছাক ।মাকা

মুরাই:—

হুংরিবা নঙসে ঙকইনা
খাম্মায় শেংদবা কনদা
নঙগী মহথোং মকশিন্না
হুংশি লৈনম ফাওহন্দ্রে
খাম্মোয়তগী লৈবাক্নি
লৈশক লৈচু খংদবা।

—+—

## ৪। মালংবগী শক্তম

মালযানা হুংবা মায়কৈদা
পল্লেংফম খঙদ্রে লাইবকশঙ
মায়কৈ লৈত্র ফুমগী খাঙপোকশঙ
নঙসু পামলমনি মালেমগী শঙ্গায়।
নঙগী পুন্সি নোংমনা কৈদা
নংগী লৈফম হয়েংনা কৈদা
মতমগী ঋতু য়াওল্লক্কা।
ঙমখিদ্রনে শাফু লক্কা
মালংবনা হুম্বা ঙমদেদো
মালেমদা শাবা চেক্কী শঙ্গাই
ঙাকথোকচখি কল্লা শাফু শিং
হুমঙমদা মায়থিখি মালংবা।

লাইরবা নঙগী শঙলেনদো
হুমতুনা পুখ্রে মালয়ানা
তেংথানা শোনবতং ঙাইহৌরে
করিন্নুংগী ফুমদা শান্নবা

— :(☆): —

## ৫। নুংঙৌ মুক্তি

কাঙ্কীগী শক্তমবু মথুংমল্লা
হকচরম্মী সহিত্যগী নুংঙৌদা
নোংজু-নুংশা কয়া লাক্তুনস্তু
ফিন্থদনবা লৈখোমগী মুক্তিগুম
অমম্বা অহিংনা লাক্লসু
তবং-তরং উত্তুনা
খঙজহৌনবা অশেংবা শক্কমবু
থব্লানমিচাকশিংগী মবক্তা
ধ্রুব তারাগুম অপাবা লৈচিলক্তা
অকোয়বা মনাকশিং ঙালহল্লী
মমলবা থাশিগী অহিংদা
অমম্বদা পাইবা তন্দনগুম
তুংলোমদা মঙাল হাপলম্মী
মমাংনা ইমা চংখল।

অঙাংশিংগী শৈরেংশিং "খোঙ্গুল লীরুসি"

ইতিহাসকী লমায় কয়াৱু
ফাক্তোকপিরম্বা লিরি মালংবনি
তুমখুন তাল্লম্বা কয়াদা
য়াকাইরোল শকপীরম্বা চেক্লানি
ঈরৈবাক লৈখোমগী থম্বৌনি
শুক্লবা মোংশোং কয়াবু
ককথৎপীরম্বা থাঙশাংনি ।

মরুভুমিদা তোংহনখিবা উতমক্লি
ঈপাকপু লালহনবা হিনাওনি
থম্বীরমলিবা সুংঙৌ অতুনা
কোরৌগুম ঙালহল্লী সুবংদা
মায়কৈ খজুর কনাদা
লম্বেল তাকপীরি মুংঙৌনা
ঙমজনবা শুরুংবু লাঞ্জবা ।

ইনাক নরুা খিল্লম্বা
অকোয়বদা নিকুঞ্জবন শেমজগে
মনিপুর ইমা লৈবাক্কী
মুঙঙৌ মুর্ত্তি অতাওবা
'নাক্তা পোত্থাজনবা মীরম মচানা
লৈকোলসিবু শেম্মা ঙম্নবা
থিজগে মথল কয়াগী লৈরাং চার ।

:( × ):—

# ৬ নুঙ থূগায়বা মী

কংলা পার্ককী চীদায়দা
কংলৈপাকী মীওইনি
নুং থুগায়বা মী।
কন্না য়ৈজৈ
হুমাং তাজৈ
ময়াম্না চৎনবা লম্বী
অদুতবু শেন্নবা।

চজর্জি অমা উরংমী
শোরোক্কুগী ব্রাংদা
মীগী থবক শুজবা
ফূবিং তূজৈ
পৈশা তাজৈ
থাগী তলব ফংনবা
মীয়াম সেবা তৌজখি।

লৌউবসু অদুগাই
চেকশুবসু মদুনি
ব্রাজবদি কৈদা হংনি
কন্না হোৎনৈ
থবায় চঙনৈ
মশামক্তীনি খঞ্জনা
অদুবু মখোয়গীদি ওইবমদে।

কালববাজার তৌরুবা
ফিখাও থন্না চৎনখি
ঙাতেক-ঙানৌ লৈনখি।
মোমোন নোকচৈ
পৈশা পায়জৈ
মতম কয়া ব্রাদনা
পৈশা কয়া ফংলিবা।

অচুম-অরান খায়দরে
ইজ্জৎ-শলমান য়েংদরে
মানা-মানা নীংবদা।
খঙনা লেনখি
লেপতা তৌখি
অতুবু করি হায়রুনি
পৈশাগীনি মখোইস্থ

খঞ্জখি মুং থুগায়বা মীতুনা
চৎনবীরা ঙসিগী তাইবঙগী
তম্নস্বরা চন্না মপোক্কী
মখুং শোকখি
চৈনা খাঙখি
মতু ফাওবা লেপখিদে
কিলা য়ামজহৌনবা।

— + —

## ৭। অহিং নোংজু ওইবিরো

নোংথাং লৈমা লাকলমলে
শীনবা থংনা ঙাল্লমলে
অমম্বদা মশক তাক্লমলে।
নোংখোংতমক ঙাইহৌরে
অতুমকপু লাকখিনি
তংন-থান্না য়াদেদো।

ইমা নোংথাং লৈমনা
লাক্লো হায়রম্বা নখোয়বু
লৈরন্নুবা পম্নুনা।
মালেম নীন্না খোংবীরো
খঙহনবীবো তাইবঙদা
মৈতৈ নোংহৌ লাক্লনি।

ঈকং থোক্লি মীপাইরুই
নোংহৌ লাক্লি তাক্লম্বা
হরাও মথোই কাজরি।
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লগা
লৌবুক লমহাং কয়াসে
ঈশিংতবু তুংলনি
পোপ্প ঙাঙ্গোল পায়তুনা
লৌবুকশিংদু খোইতুনা
মহৈ-মরোং হুন্নবা।

অশাগী মপান শাৎলগা
মহৈ-মরোং লোক্লগা
মকা-লাম্না হিংলনি।

মহুমতবু ওইনবা
অহীং নোংজু ওইবীরো
হয়েং লৌবুক চৎনবা।

—:(×):—

## ৮। নোংমপৈ

অমুক কানি অমুক তানি
নোংমপৈগুম পুন্সিসু
ইনাক খুল্লম্বা কনাদো
লাইরহুন। তারকই
লাইররম্বা কনাসু
ইনাকখুন্না কাখৎনৈ।

অমুক মমনি, অনুক ঙান্নি
নোংমপৈগুম পুন্সিসু
অব্রাপোৎলুম পুবশিং
মায়থোং মক্না লেন্নরি
নুংঙাই মঙলান্দা তাউবশিং
মায়থোং ঙান্না লৈনরি।

মুমিৎ-থাগুম মুংদাং মুংথিল থায়দে
নোংমপৈ শুইবা পুন্সিসু
পুন্সিদা তৌগেদা ঙম্বগুম
ঈকং থোকহনবা, ঈশিং চাউহনবা
মুমিৎপু খঙ্গিনবা, থাবু কুপশিনবা
ঃস্নী নোংমপৈ মহাক্নসু।

অমুক তিন্নৈ, অমুক খংনৈ
নোংমপৈগুম পুন্সিসু
অমগা-অমগা খুংশন্না চংমিন্নৈ
করিগুম্বা মতমদা মান্নদবা অনীনা
খংনহনা চৈনরি
নোংখোং তোয়না খোঙনরি।

নহাদৈ অহল ওনবগুম
মওং-মওং ওঞ্জরি
মীগী শান্নবা চংপগুম
মুংশিং মায়কৈদা চংচরি
হরাওকুম্নে থাদা মুংঙাইজবগুম
নোংজু থাদা লাংজরি।

—:(*):—

## ৯। "ঙাইঙমদবা তৌগন্নু"

ঙাইঙমদবা তৌগন্নু
নুংশি-থা হুইনা চাদেদো
নিংজহুনা তৌখিবা
মতম অহুম লাক্কনি
খুদক্কদি ফংঙমলোই।

থাজখিবা হৈরাংদো
মহৈ পানবা থোক্লস্সু
হৈজিং ফাবা ঙাইবদা
নোংজু-নুংশা খাঙখিনি
মতম অহুম চঙখিনি।

অহলশিংগী পাউতাক্কি
খাঙবা কনবা মহাক্কো
ফমেল অহুম ফম্বনি
ফনা চানীংলবস্সু
খুং অনী থাকন্নু।

নাকেলথাবু মায়োক্না
উল্লেন কয়া নংখিবা
নোংলৈ কয়া খাঙখিবা
পাম্বীহুগী লৈরাংনি
খুয়াখাবু য়ৌরিবি।

ঙরাং হুনবা মরাদো
ঙসি হৌবো ঙয়োইদো
হয়েংতবু ঙাইরগা
ময়োন চোংল মিতুংদা
পাম্বী অতুম ওইরক্নি

লৌরাং শুম্বিদৈ মতমদি
হয়েংতগী খাকফদে
ঙসি নঙনা তৌম্বিবৈ
মহৈতুবু ঙাইবদা
হোৎনবদি লেপকন্নু।

চৈনা কয়া খাঙহুনা
মতমতুনা লাক্লিফাও
খাঙবা কনবা তম্মুদো
য়াখল মুংওন্নহুনা
ঙাইঙমদবা তৌগন্নু।

—+—

## ১০। অফ-ফও

হৌমিন্নখি থম্মোয়দা
অফ-ফত্ত অনিমক
মান্ননবু লোঙমিন্নৈ
মউ অমথক্রুগী।

তৎন-থানা য়াদেদো
থম্মোয় মঙ্গ চারনি
মশা যন্দোরকপদা

খঙগদবা ঙাক্তনি।
ফত্তে হায়বা মহাক্তো
কনাদদি ফরমনি
কৈ খনবা মহাক্তো
ফত্তবৈ থম্মোয় শোক্রমনি॥

অতুমকপু থগেয়না
ফতুনা অতুম লৈরিবৈ
মায়খিখিনি অতৈদি
মতম খোংচৎ তুংইন্না।

মশা ফন্দোরকপদা
অফবদং লো হনসি
শুগৎনহনসি ফত্তবা
থম্মোয় মখা পোনবনি॥

ফত্তবিবা কনাদো
অফববু ফুমলগনি
কৈ হাযবা মীওইদো
ফত্তববু লোংলমনি।

ফোহামতুদি ফোখপসি
খোংল দ ইদা ফোখনসি
ব্রাইখপতুদি তোইহৌসি॥

—(×):—

## ১১। অচুম্বা

পুন্সি লমজেল থাবক্লে
অরানবনা খংচেন চেন
মতৌ কয়া মাল্লিবা
ঈংনা তপা চেঞ্জবি
অচুম্বদি মহাক্কো।

অউবনা শোন্নবি
কন্না চমবা মঙোন্দা
খুবাক কন্না খুন্নবি
ঙাইংাক্কুগী মতমদি
থম্মোয় নোকচৈ মহাকস্থু।

মমীৎ উ শিল্লদুনা
ফুদোত্তুনা চেল্লুবা
শাংল লম্বেল উবদা
থম্মোয় মীপাই খংলক্লে
অচুম্বগী মমাংদা।

পুন্সি লম্বেল উশিংতে
করিম্নুংগী তৌকবা
কোন্নথংদা খঙলক্লে
মীয়াম মাংদা শাকবা
ইকায়রকপা হৌরক্লে।

ঈংন তপা চেংবা
অচুম্বদি অথোইবা

মৈথংদা লাকচরে
মীয়াম্নবু শকখত্না
মনাদুবু লৌখরে।

অচুম্বদি মহাক্কো
লাল্লদবা কনাদো
ফত্তনা মীনা তৌরম্লু
মীবু লান্না খন্দবা
মহাক্কবু ঈরাংনৈ।

—:(☆):—

## ১২। অথোইবনি নুংঙাইবা

থাংই খল্লম্বা থাতোনদো
কাক্লা মথক্তা ফমদেকপী
কল্লি হায়রম্বা য়োংতুমদো
মৈনা মহি চেলহনখি।

শাংই খল্লম্বা তুরেলম্লু
ঈপাক্লা অমুক থংপীখি
চাউই হায়রম্বা মালেমসে
সমুদ্রনা ইকায়বা পীরমখি।

মীথাপোম্না লেনবনা
মালেমসিদা ঙকচাওথেক

অখোইবনি থন্না হিং
মে মোন নোক্না লেঞ্জরি।

লাইজ ঈরোনমুংসিদা
ইনীং ওম্মি ঐখোয়দি
চৎনীংবা মায়কৈ পাঙজনা
ইথাপোম্না লেঞ্জরি।

নঙগুম বন্দি ওইদনা
মালেম থুংনা কোইরুরে
নীংথম চাক্কাফম্না চাক্কৌবী
হরাউ মথোই কাহল্লী।

ব্রাতোন্না ক্রাকপু নীংখিদে
য়োংতুন্না মৈবু খল্লুদে
তুরেন্না ঈপাক উরমদে
মালেম্না সমুদ্র খঙখিদে।

নশানা নীংজবা অতুবু
ব্রানা হোৎনরগা থুংবনা
মীগী মপান তাঙবদৈ
মুংঙাইবা ফংবা হেনবনি।

নখোয়না অখোয়বনি খল্লিবা
পুক্নিংগী মুংঙাইবা ফংদনা
অথোয়বা হায়ববু করিনো
নীংবা কায়রবা মপোক্না।

—+—

# ১৩। নীংহন্নবা লৈরুন্নু

কৈলত লাইর উতুনা
কল্লা চৈথেং কিবদৈ
পুকচেল হোংগে খন্দুনা
নীংহন্নবা লৈরুন্নু ।

থাশি ওইথ্র থাজনা
চৈনা খাঙবা রাবদৈ
নীংহন্নবা থোক্লবা
লাকখিগদ্রা পুর্নিমা।

ধ্রুবতারাগুম তোমথিন ঙাল্লম্বা
থৌজালগী মবুংঙো জীশুম্নু
নীংহন্নবা লৈখিদে
শগোলশঙদা পোক্লফাও।

কোরৌগুম মঙাল পীরম্বা
কৃষ্ণ ওইবা মহাকম্নু
নীংহননবা লৈখিদে
কৈশুমশঙদা পোক্লফাও।

মরোল কয়া লাল্লগা
থম্বাল ওইনা শাংতুনা
ঈশ্বর খুয়া য়ৌরিবা
হৌরকফমদি লৈখোমনি।

শুক্র নাপোম মরক্তা
নোংবান ওইবা মহাক্কী
থাজবগী রাংমদা
মেলৈ লৈস্না শাংলমখি।

নাকেল থাবু থইথ্রবা
য়েন্নিংথাসু লাকখিনি
অমম্বা অহিং হৌথ্রদি
কোরৌ মাসু লেপ্লনি।
অতুনবু অপঙবা।
হৌরকফমগী খল্লগা
সমাজগী মীনোক মৈশাদ
নমায় লৈনা চত্তুনা
নীংহন্নবা লৈরুন্নু।

——

## ১৪। ঋাহৈ-ঋাতা

থিবা ফজবা লৈতেদো
মীওই মপোক পুন্সিদা
ঋাহৈনবু থিরবা
অথীবনি মহাক্তো।
হায়নখিবা লৈবনি
মীনা শিবনা চিনবান্দা
শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা
মীওই মপোক লুবনি।
ফজবনা মীৎকিনি
সুংশিবনা থম্মোয়গী
থম্মোয় শুমহৎহনবদি
ঋাহৈথক্তা লৈবনি।

ফৈজ হায়বা নহাক্তো
লাইথং অমুক্না লোইবনি
রাহৈ-রাতা ফজবা
লাইথং লিশিং কনবনি।

কল্লি হায়বা মহাক্তো
রাহৈতুগী মমাংদা
লুকথহুনা চৎখিনি
রাহৈ মানা ঙম্বনি।

—+—

# ১৫। রেলগাড়ী

ভবা ময়াম খুংশন্না
অমত্তা ওইনা চৎলিবা
গাড়ীশিংগী মমা-ও
তালিথক্কী রেলগাড়ী
ভারত ইমা মহাক্কী
শক্তমতুবু লাংলিবী।

নদোম চৎকে থন্দনা
ধর্ম্ম কয়া পুরীবী
জাতি কয়া চিলিবী
লাইরু-অনং খায়দনা
মীওই কয়া তোংহনবী
নঙগুম্বী লৈরোই মালেমদা

তমজনীংঙাই ঙাক্তনি
অপুনবনা পান্থলনি
অশোন অনা সেবানি
লমজীংবনি খুদিংমক
মীওই মপোক অসিদি
নাইতোম চৎপা ঙম্মোইদো।

—:(×):—

## ১৩। কনাগাদমক াহংালখ।

উনা হৌরি, মশা ফল্লি,
উরুম পীরি পোথানরি।
লিরি হুমলি, মালংবনা,
তেখংহল্লি, পুক্লিং ব্রাখল।

নোংনা চুরি, ঈকং তাল্লি;
কোকহনবীরি, ঈখোলাংরা।

চীংনা থংলি, নোংলৈ কয়া,
খোকহনবীদে অমাঙ অতা।

লৈনা শাংলি, লৈকা ফন্না,
নীংশিংহল্লি, ঈশ্বর খুভম।
উচেক্লা শক্লি, য়াকাইরোল কয়া,
খোকহনবীরি তাইবঙ মীকপ।

মহৌশাগী খোঙলোয়শিংনা,
পুন্না হিংমিন্নরিবা,
অচুম অরান থিদনা,
কনাগীদমক খাঙলিবা।

খঙবীদনা নখোয়না,
মীরাইবীবা উংলিবা.
নদোম তরক হংজৌনে,
কনাগীদমক হিংলিবা।

—ঃ(✲)ঃ—

## ১৭। কায়নবীংদে মরূপখোয়

ককচেংথুগী ব্লারীনি
পরেং-পরেং চংলিবৈ
খঙহৌদনা নেংপীখি
লাইবকথিবা মহাক্তো
পুন্সি বীদায় পীখরে।
চংশিন্নবা কনানা
নাথৈত্তুনা চংলমদে
মিংলু ঈরা ঈংগৌনা
কোনখত্তুনা মহাকপু
মকোন তম্না পুরম্মী।

চেক্রাতুগী য়ারীনি
ফৈরাথক্তা তোংমিন্নৈ
চেক্লা অনী অপীশক
হরাউ মথোই কাজনা
মখৌ পোঙনা খোংলম্মী।
অমথক্তি কপ্পীগ্রে
শাদানবগী নোংমৈনা
কেলহৌরিবা মতুংদা
উরুরগা য়েংঙমদা
তেংথা নাউওইজহৌই।
লৈমিন্নরিবৈ মতমদা
নীংশিং-নীংশিং কপচখি
লোয়নরিবৈ মীকুপতো
খন্না খন্না তেংথাখি।
মপাং কায়নরবদা।
মখোয়তুবু উরগা
নুংঙল্লকই থম্মোয়সে
কায়নগনি খনবদা
মখোরগুম্না ঐখোয়সু
পুঙমদরে থম্মোয়সে।
হিন্দু মুসলিম খায়দনা
চীংমী-তম্মী নাইদনা
ক্লাস অমথকসিদা
ফম্মীন্নরিবা ঐখোয়সু

মতম খোঙলো তুংইন্নায়
মাগী-মাগী লম্বেলদা
চৎনখিনি খনবদা
থম্মোয় ঐগী লকাদা
মুংশি নোংখোং তোইরক্লে
কায়ননিংদে মক্ষপখোয়।

—+—

## ১৮। মৈতৈ নিংঙোল নুংশদা

নীংঙোল ওইবী নুংশিদ
মৈতৈ মমোম শেংইদ
পম্মোকোন্দা পোলিঙৈ
য়াথং হিকতোকচদনা
পলেম তেংবাংজরিবী।
ইয়োং ফৈরাথক্তুদা
মুংশি কনা নীংশিংনা
মাঙ্গা মাগী ব্লাখলদা
নীংশিং নীংশিং লেপচদা
মুরা শিন্থা পাঙহিবা।
নোংচুপ লমগী নিংঙোলনা
লমকেৎ লমহায়নরিবা
মতৌ তমগে থক্তনা
ঈংনা তপ্পা লেঞ্জবী
পুন্সিহুবু মুংশিদা।

মৌগী শিংদা চনলমদাই
মশুং মমান্নবী কয়াগা
কুন্দো পরেং লেংশিন্না
মতাম্লোইহি িংগী খঞ্জনা
কপ্না কপ্না চংথ্রিবী।

মাঙ্গা নাক্তা শাংলৈঙ্
মপুম্লোইবা সেবা তৌ
মচাতনা লাইনীং ওই
অরা-অনা খওদনা
ব্রাজবীবী মপোক্লি।

শজিবু চৈরাওরকপদা
নৌজরিবী কয়ানা
মপাম লমাম পাঙজনা
মবুং মৌপন্না কয়াগী
চৈরাও থুদোল তমলিবা।

লাংবন থানা লাকপদা
লাইওইথ্রবা ইপা-ইপুগী
তর্প্পন হৈকংচনবা
মপাম লমদম পাঙ্জনা
হাথ-হাথ য়ৌরিবী

হিয়াঙ্গৈ থানা লাকপদা
মবুং মৌপনা কয়ানা
চাক্কৌজবা অহুবু
হরাও মথোই কাঙ্গনা
লাকচরিবী নিঙোলনি।

—+—

# ১৯। ঈশিং

ঐগী মীগী খায়দনা
মীচং মীথায় নাইদবী
জীব পুম্বা লোয়ননা
অমগস্তু শাউনবা লৈতেদো।

নঙগী নগুনদি শেংম্নরি
শা-উচেক কয়ানা
উ-ব্রা খিবীক্না
ওইজনীংই নঙগুম্বা।

চীং, পাং, তুরেল
নঙগী লৈতেং ঙংক্তনি
শক্রোন কয়া লৌবিবী
মচু কয়া হোংলৌবীনি।

নঙগী কল্লা ময়াইনা
অরাম খোবাং কোক্নবি
পৃথিবীগী থরায় কয়াগী
মমা শকপীনি নহাক্তি।

নতম কয়াদগী লৈরক্লি
মতম কুইনস্তু লৈখিনি
পাপ চেনদ্রবী নঙতবু
লংনজবোই পুন্সিনা।

অয়ো নাহে চল্লফাও
নঙতবু শোম্না লেম্নবি
জীব পানবা খুদিগী
প্রাথমক্লি থন্নবি।

☆★☆

## ২০ । শজিবু লৈরাং

লৈরাং করি পুকচেলনো
নদোম তরক ফৈরাদা
লোন্না লোন্না কপ্পদি
মালেম লৈমবু রারৌরিরা
লৈ লাংবা কনাবু ভাইবৈরা ?

সনা মচু লময়েম্বী
মৈশানা লকচবা ভমহন্দা
তংথোং–তনৌ-তমেংবী
লৈরাংলক্তগী অথোইবী
টৈতৈ লৈমগী মমোম্লোই
মেলৈ লৈম্না মুংজুমপাল
নঙগী নগুণ অতাংবী
থঙবীদরে খন্দুনা
মীৎলু ঈরা ঈহৌরিরা ?

হৌরকফমগী ঈচেলনা
জল প্রপত ওইনা লেল্লৌভৈ
মুঙপাকথক্তা কপলম্বা
তোর্ব্বান মানা লেপখরে
ইস্নুং ইমান্নবী কয়াস্তু
চৈরাও কৈথেল কাখরে
করিদা হেল্লি ডাফোদিলসনা (daffodicts)
শজিবু মীরম এপ্রিলফুলতুনা
থম্মোয় ত্রেগী রারৌই ।

কল্লবা শজিবু নোংলৈনা
হৈপাল লৈপাল খিবিকপু
হুমহুনা পুখিবা থোক্রম্লু
অখাঙ কনবী নঙতদি
মপু খুঙম য়োঙনীং
লৈ লা'বা কনা ঙাইরিবা
নগুন থঙবা কনানা
নঙবু থিবা লাকখিনি
ফিগাও শানা লৌরনি।

ইরমদমগী মীওইশিং
ঐবু থওইবীভ্রম্লু
বিলাতততদি পান্নরি
শমজিরৈহুম ওইনরি
লুহোং কৈহোং থোকপদা
অহুমকপু মীরমনা
ফনা পান্বা লৈরম্লু
করম্নদি শৈথানি
মখোয়গীম্লু নত্তনা।

লৈয়োন লৈনা অনীনা
তমগা চীংগা ওইহুনা
অপুনবা শক্তম লাংলিরা ?

লৈয়োনমতং য়াওবদি
ধ্রুবতারা মতৌগুম
তোমথিন ঙাল্লি তাকপরা ?

শৈথাজগে থল্লবা
ওমখৈ লৈত্রবা নওন্না
লোইবা থম্বা নাইহল্লে।
ঈরমদমগী থল্লম্বা
মীরাইরুবা মখোয়গী
তেংথাখোলনা নীল্লফাও
খোমলেন তুমখুন তানবসা
লাইর লৈকোল লৈতেংবী
ভান্নৈবু পুংসি
মপু থুভম চংতুনা
খুয়া থাদা কংলমসি
লেম্নরুসি তাইবঙদা।

—+—

## ২৯। পাউনম ইহদেন

ছিরেন ওইরন্মী মতম অমদা
সনা নিংথৌনা কংলা ফম্বাল লাংলিদৈ
কংলাগী মেন্দোনদা থম্মোয় অনী
তখেলৈ খোইমুনা চিল্লোক চিন্দিম্নরিদৈ
লবঙ্গী যৌবন পুন্সি বসন্ত ওইরিদৈ
মুংশি কাইদোংফমনি লবঙ্গ লতাগী।

নীংঙোল ওইবিদৈ পুন্সিদা
মতংবো শিংগা হিদেন্দা লতা
চেংহি শম্বাল লুংলম্বা
লাইজদা মমী-তারমথি
ঈথক ঈপোম লাকপদা
মমি শামথ্রে হৌজিক।

পাখং ওইবা পুন্সিনা
নুমিদাংবাইরম ঙাইজনা
শোঙবম্বা হিদেননি
নাবক ওইখ্র শক্তমবু
লেবাংশিংনদি হৌজিকফাও
লিজবি মতমতুগী বাবীশিং।

লৈবা শিংদো তোর্বান বাং দগী
পুরিং হুবিবা য়েংবদা
মতুদা হংহৌসি মতমতুগী বাবীশিং
লবঙ্গ-লতানা শান্নবম্বা বাবীশিং
নোংহৌনা লীবদা মৈতৈ প্রজা শিংদা
শান্দুনা লৈহৌগনি পাউনম হিদেন্দা লবঙ্গ লতা
নক্না খোংলম্বা ইবমদগী উথুমবু
খাপা তাতুনা মীবমদা খোংবগুম
থওইনা য়েংশিনদা লৈরিদৈ
অবাপ্পগুম খন্না ফমলিদৈ
পাইখংলকপা ইম্ফাল তুবেলগী লৈচিলদো
মৈখুনা মহুং শিনথনি।

মেখুনা অতিয়াদা পাইরকফাও
লৈচিলগুম থত্রিবা নীংহইশিং

প্রক্রিতিগী শক্তমবু যেংশিনসি
নোংচূপ মালয়াগী শাহুম্না
তংহন্না পাইথোকখ্রবা ইতিহাসকী চেনা
খুন্দুনা হাপচিনসি মফম চাবা লমায়দা

—+—

## ২২। নীংশিংলুবদা

পুন্সি খোংথাং অমদা
লম-তু খঙজনীংহুনা
চীংলোন মাপল লাল্লুবৈ
মতম্তুদা থেংনখি
পাম্বী চার মান্নবা
মীরমদমদা হৌজবা
পাম্বীতুবু ঐহাক্না।
থেংনরুবা মীকুপ্তা
শকখঙ মাযং ঙনহুনা
মরাংয়াইদা পুবন্মী
শকখঙনবা উংতুনা
পলেম পম্হৌ শকতাকখি
মচিন নৌপন্না খঙনখি
হর ও মামোন নোকনিন্নে।

মকপ্পিংদা শকতাকা
ইমী ইথা হায়জখি
হৌবককফমবু ভাবদা
লুনা চান্না তৌবিখি
মখোয় মশেন পুনশিন্না
মফমতুদা লৈরিঙৈ
অন্নাং-অপা হুংলম্মী।
মৈতৈ লমদৈ লাকলিবা
চৈতৈ লৈবাক মচানি
হুন্দক মপোকসিমগী
য়ৌজনীংবা লমদমনি
মফমতুদা চাউজবা
লাইবককবা মুপানি
হায়রকপদঃ কপলম্মী।
য়খিরম্মী ইফমদা
লাইরমচা ওইবনা
ইখোঙ তেন্নে চংঙমদে
শৈশাতুনা শকনীংই
অতুমকপু উখিদে
নহানমুকী মপোকী
নংজরুবা ইরাল্লা ?
চংলমদাইদা হায়রকই
য়েংজবমক ফংদ্রশু
লমদমতুদি মুংশিজৈ
ইরমতুগী ফজবা

৮ উজবাক ফাওবসু । ৫

নঙগী থম্মোয় পাউদরা
লমদমহুবু খঙজগে
ফজবসু শৈথানীংই
চংনবীসু খঙহন্নীংই
ঙসি ইরমদমসিদা
চংনরিবা লোনচংসু
ফোংদোক্নীংই ঐহাক্না
অচুমকপু কপহল্লী
করি হায়না শৈথানি।

শৈথাজবা হৈরুদ
ফজরিবা পোংচাকশিং
মিংশেলমক্তি ঙইঙমদে
অচুমকপু থম্মোয়না
মুংশিজবা থক্কুনা
পুন্সিদা কাউথোকত্রি হায়রম্মী
মতম কুইরবগী মতুংদা।

—:( x ):—

## ২৩। পোকচরবা লাইরকখৈদা

নোংপোক চীঙ্খো মাগ্নৈকৈদা
কোরৌহনবনা মোমোন লোকী
খোঙথাং লেপত নাপেম্বি
ঈংনা-তপা কাখৎচ
লাল্লগা লাক্ল মতমদা
লৈচিলনা ধুপ থারক্লি।
লোক্তাক পাংতা লাংথাকথা
হিনাও মচা পায়রগা
পাখং ওইবা মহাক্না
ফুম তম্না হিক্লোক্লি।

ঈথক ঈংপাম হৌত্লনা
লাইজনা অংপোম শাজক্লি
শ ও মহুবু উবনা
ফুম্না হৌনা লোকচরি
তাঙ্গাতুগী মতমদা
ভরাং চাক্তাজবগী
অহিঙ লেকপা উংঙাকশিং
শ থপ তোয়না পাইখৎখি
শংবান্নর অতিয়া তম
মখৌ পোনা খোংজখি।

লৌকেরর পাংকী চীংথক্তা
বাকিং চংপা লাকপদৈ
পোখরবা মহাক্না
নপোমদুগী বাংমদা

অমুক ষনথারক্নুনা
নাপোমথক্তা চেনখৎচ
হানৌ হানবা তান্নরি
মঙ্গ মঙ্গ শিংদগী
শরিক খোঙ্গাং তাবদা
মক্না লাম্না হঙ্গুশি ।

জুক্কো ক্ষেত্রি তম্পাক্কা
সুশিংক্লৈ মচা মানৌবশিং .
জুকা লিক্লিপা শান্নরি
মাপং লিরি হুম্বদা
লৈনাদগী লিক্লানা
মালেমথক্তা খিজুক্কা
লৈরাং ঈশিং সাইবারি

লৈচিল মপৈ-মশেমা
নাপোম লৈতেংজদুনা
মচু শঙবী শান্নরি ।

সুংশিল ও ম্লক ওইবফাও
ঈ হ-মই থম্মোয়সে
চাংগী উগান মখোঙদা
মনা কুইনা কেল্লকপৈ
মোম্পাক শানা থম্বা
মফমতুবু য়োৌরবা
পুশিং সুংনেহল্লম্মী
তম্পাকশিংবু লৈতেংবা
খুঙ্গং কয়া য়েংজন

নীংশিংহল্লি অতুঙৈ ।

থরোইনা লৈরাইদগী কুমথখিবগুম
মুমিংনা চীংমায়থকী কুমলমদাই
ভংঙ্গ ামবা মশেঙ্কা
নোংজাবী কয়া শেমল্লিবা
মঙং-মঙং ওন্দুনা
ঈশ্বর লীলা উৎলিবা
পাইমা পুক্কিং মৌহল্লি ।
সনথ্যাজিগী খোঙ্গৈম্বা
গোথীশ কাংশি মখোলদা
থশোয়ায় ময়ী চংহল্লি ।

অরাববু কাউথোক্লা-
ঈংনা মেঙনা ভাঙনাং
কৈন্যা খোঙথাং তমলিবী
থাজ ওইবী মতুঙোন্দা
নোংইন ওইবা মহাক্না
মুনা-মুনা য়েংখিবা
ঈকায়থীবী থাজনা
লৈচিল্লক্তা লোৎচখি
কুইরফাও থাবল্লে লৈনমনা
থেঙলে কাউবমথৈ লৈহনখি ।

—+—

## ২৪। চিল্ড্রেন্স দে

নীং শংলকই নৌহৌনা
লাইওইগ্রবা পণ্ডিতনা
রাজরম্বা ঐখোয়গী
মরুপমক্তি খঞ্জনা
লাইর অনং থায়দনা
লেঞ্জখিবা পুন্সিদো।
পীবীরম্বা পাউত্তাকশিং
ঈশং কাবা লাম্বেনদা
চৈশু ওইনা পায়নরি
মোমোন নোকপা মায়থোংনা
তম্বীরমই ঐখোয়স্তু
ঈং তপ্পা লেলহনবা।
নব্রা ওইরিবৈঙে তাইবঙদা
লৎনবীরিবৈঙ পুন্সিদা
খোঙফম হোংদ লেপখিবা
নঙশুম থৌজাল হৈবদি
লাক্লরোই অমুক ঐখোয়গী
যুগ-যুগ কয়াদা।
মায়াগী ঈপাক্তা তাউদ্রিবৈঙে
তাইবঙ মপোক মমলিবৈঙে
লমর্জীংবীরম্বা পণ্ডিত-ও
চহী খুদিং খুদিংগী
নভেম্বর তরামরীনা লাকপদা
কংচরমগে অঙম্বা থরদং।

নিঙ্গবমগে অনৌবা লৈপারে
মোমোন নোকপ ফেংটোদা
বচচরমগে লৈরাং খুজোক খুজোক
ঈবাংননা নঙগী শক্তম
কোলোয় মীংলেন্দুতবু
নীংশিংজনা লেম্লবা ।

—+—

## ২৫। খোঙ্গুল লীরুসি

মরুভূমিদা তারম্বা খোঙ্গুলদি
নোংলৈ মানা লাক্লগা
লৈঙোইশিংনা কুপশিন্খি
উনগী লমদা তারম্বা খোঙ্গুলসু
মথক্তা উন কয়া তাবক্লনা
অনৌবা উনকুপ্পা হুমজিনখি
মুংপা তারগন্তু মমি শানিদি
লৈহৌবদবা লমদম সগী খোঙ্গুল লীরুসি ।

তুংগী শুবোনগীদমক্তা থম্লগা
লৈরাং চাব লৌবা চংনুবা
মখোয়না চংলম্বা লম্বেনতুবু চংনুসি
মায়াগী সংসার থা দাতুনা
তন্না হুডাই বিদনা

অঙৈং-অশা খাঙডুনা
অপাম নুংশি খোংনেংনা
খোঙ্গুল মায়কৈ পাংলসি ।

কদায়দনো চংলমলিবা
কনাগী আশাদা য়োংক্লিবা
করম্বা পন্থুং পামলমলিবা
খঙনবা থিরুরসি
মখোয়না য়োরম্বা মফমদগী
লৈরাং চার লৌরুরসি
লৈতেংলমসি মল্লা খাঙপেক
খোঙ্গুল থিনা চংলসি ।

—:( × )—

